লইতাঙ য়ুমোইকোলকা। পুমনা চলনা কাইকানাপানে।

থুংহৈপাতি তিলপীচমনা পোকপা । ময়াংলমপমনা য়েলপা। য়িম্নারমতি চীঙমৈরোঙ য়াঙমথেল । আসৈ ব্লালপী । কাপোংয়েলকোলতাকা পুমনা চলনা কাইকানাপানে।

নাইফাতি হাওখোম পোকপা, সারোমনা য়েলপা। মরমতি, হলচীঙ মালচীঙ। কোনথা সলপলকা । নাকা খোঙমইকা পুমনা। চলনা কাইকানাপানে।

হুইত্রোলতি লইমাচমনা পোকপা, নিংথৌচমনা য়েলপা। মরমতি সাচেপ লেংমালকা। ব্লাখা লৈতোইকা। হুঙকাই হুঙকোলকা পুমনা চলনা কাইকানাপানে।

থাঙসাপাতি, চেংলৈপমনা পোকপা।, নোইরাংথেমনা য়েলপা। মরমতি লমলেল সানায়াল। চেংলৈ লাব্লাংয়ীকা। অসৈ ব্লাংপীচীঙকা। য়ামপী সেলমেলয়িকা পুমনা চলনা কাইকানাপানে।

অহৈপতি, তাওপমনা পোকপা থোংঙামনা য়েলপা। মরমতি পারাসিংথি খাংথোং লইখোৎ ব্রুম পোহ্ইথাং। অমলল লাংচালকা পুমনা চলনা কাইকানাপানে।

হুইরোইতি লাইতোলচমনা পোকপা নিংথৌচমনা য়েলপা। মরমতি কইখু কইরেল লিঙপী ব্লাইচৈ থঙব্লাই নোংসাথমকা। লমলেল কাঙচমথেলকা পুমনা চলনা কাইকানাপানে।

কংলা কৌরমপাতি অসিনে থঙ ও।

হৌচিক্কতি চেরই কাইরৈকী খুলথোঙলওরম ছাইকে। লাইফমকা মাহারুপকা তিলনএ। অহললুপকা খাক্কমকা তিলনয়ে। লইকাইতি

খুরাইকা য়াইস্যাকুলকা তিলএ। খাইকা রাংখৈকা তিলএ।

হৌচিকতি খুলথোঙ লওরুম লাইসোলতি অঙোমনে। পুরুংলপাতি মৈতেংঙ্না পোকপা. অঙৌবনা য়েলবা। ব্মতুকা য়াইতুকা. সমপুনকা ভারমকা য়াওয়ওকা, কংতাকা, কোংপাভাচৌকা পুমনা চলনা কাইকানাকে।

য়াইসাকুলতি থোঙলেল য়াইচমপা মুতু হইরাংখোং. হৈসু লোইনাই হামচেপানা পোকপা তানথোঙ খুহৈপানা য়েলপা। মরমতি রাকচৌঙ মইখুনাকে, তনপল কাইতোংনাকৈ. ককরাকা, তনপলকা, থেংতুকা থোঙলেলকা পুমনা চলনা কাইকানাকে।

খুরাই অঙৌপতি, য়িমলু য়িমলোলপানা পোকপা চকপারম কোরথাং রাইচৌপানা য়েলপা। মরমতি য়েলপা ফিয়াইনাকে, য়েলপোং মইখুনাকে, রাইরা সাচেলনাকে, থোংক্রাপা মাইতিং পোইরও হাকলুলোকা. পুমনা চলনা কাইকানাকে।

চোঙখালপতি মোঙপীচমনা পোকপা, নিংথৌচমনা য়েলপা। মরমতি, খাকাকপা মচাঁওচীন ভাক্রাপা ব্য়োককোলকা পুমনা চলনা কাইকানাকে।

হীরাঙলোইতি মইভেংঙ্না পোকপা অঙৌপানা য়েলপা। মরমতি, ককচৌঙ চোংচৌঙ, থারই রাইপেকা। পুমনা চলনা কাইকানাকে।

য়িরাঙলোইতি য়িরোমনা পোকপা, খাকোকপমনা য়েলপা। মরমতি কেকে য়োইরাং হুঙপীরাজা, চামলো লাখাকোল, হাওরুক সনপালরাজা পুমনা চলনা কাইকানাকে।

নাকপ্পাতি থোকচোমনা পোকপা, নিংথৌচমনা য়েলপা। মরমতি হুইদোক্কা, সললাংকা, কাইয়িংলেল্ তওকোলকা, লইতাঙ্ য়ুমোইকোলকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

লম্মইতি লেম্লই খুমিৎপানা পোকপা, খুভাং য়াইখুপানা য়েলপা ॥ মরমতি য়িংলেংকা, য়িংতাওকা, হলপামাঙ্ লাইনুংকোল্ ঙাভেলনা নুঙমাইচামকা পুম্না চল্না কাইকানাকে।

লাইচোলতি তানেম্ য়ুনেমপানা পোকপা থেঙক্রাই মেলতং লাকপানা য়েলপা। মরমতি লেংনা কোংপা চাঙনাংখু চীঙনাংলেনকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

থাঙ্সারতি চেংলৈপমনা পোকপা, মোইবাংথেম্না য়েলপা। মরমতি লমলেল স্নায়াল চেংলৈ লাব্রাংরাকা পুমনা চলনা কাই-কানাকে।

খুলতোংতি ব্রুরা লাইচীঙনা পোকপা, খোইনাইব্রুম্না য়েলবা ॥ মরমতি স্নকুনু য়িব্রাইতা থারই লেমলইকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

ফিসাপাতি থোঙ্পম্না পোকপা, তোকপাচমনা য়েলপা ॥ মরমতি পুম্লেল্ হামসা, সারিক কোলচিল কাতোং কাবাচীঙ্, তোকপা য়েলফাচীঙ্, হীতাঙ খুনুতা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

আহইপতি তাওপমনা পোকপা, থোঙামনা য়েলপা। মরমতি পারাসিঙথী, খাথোং লাইথোং ব্রুরুম্ পোংহইথাং, অমপা লমলাং-চালকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

হিসাপাতি চিংকাংপমনা পোকপা নিংথৌচমনা য়েলপা ॥ মরমতি পাসি খোইনৌ লাংমৈথেৎকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

হুইরোইতি লাইতোনচমনা পোকপা নিংথৌচমনা য়েলপা মরমতি কইখু–কইবেল্, লিকমী ব্রাইদৈ, থাঙব্রাই নোংসাথমকা, লমসেল কাঙচমথেলকা, পুমনা চলনা কাইকানাকে।

নোংথোলপাতি হিচমনা পোকপা, নোঙকোংপানা য়েলপা। মরমতি থোংনাং সারমপাৎ, ময়াং হাওপেথেল কৌপা কৌন্নু য়িরেং য়িথম্কা পুম্না চল্না কাইকানাকে।

খ্বাইতি লাইতোল হেমলাই খুমস্নুনা পোকপা অপাং সঙখল্কন্না য়েলপা। মরমতি য়াওরও তাইতু চাঙপা ফুপা॥ য়িসোক লাংয়াকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

খুরাই অঙৌপাতি, য়িমথু য়িম্লেল্বানা পোকপা, চকপারম কোলখাং লাইচাওপানা য়েলবা। মরমতি য়েলফা ফিয়াইনা য়েন্পোৎ মইখুনা য়াওরও সাচেন্নাকে।

সঙলেলতি চক্পানা পোক্পা, য়িরোম্না য়েল্পা। মরমতি, খোমপীতোক ব্রুঙামপৈ খাঙপারেল্ চাব্রাইপী, হাওতক, ব্রাইরি, ব্রাইতোল, তাংখম্ লিব্রাপোক লিকলি ব্রাথা, চোইপী চোইয়াকা পুম্না চল্না কাইকানাকে।

ফম্থক্চাতি কাইরেলচম্না পোক্পা, নিংথৌচম্না য়েল্পা। মরমতি য়িকোপ, লাংফমকা লওসি থমলালকা, হাওপরও হুইথিচাঙ, তাংসিং সোংলাইকা পুমমা চলনা কাইকানাকে।

সঙলেল্তি পল্লুচম্না পোকপা, হুক্রামনা য়েল্পা। মরমতি থেংকুরোক, ব্রুচাল্পোক, খুন্পী নারেংচাঙ, লমলেল কারোংথেল, থুকামইতেক, চকপী লইতেমকা পুম্না চল্না কাইকানাকে।

য়িমিওংলোইতি চেংলৈনা পোক্পা নোংমাল নুড কাড পামপানা য়েলপা। মরমতি ৱাংথোলপী সাকৎলম, সায়ান ম তুকা, হুইচাওপী লমনুংসিক, লাংচাঙ্ ফেমলাইচীঙকা পুম্না চল্না কাইকানাকে॥

য়েলত্রেলতি অপুচমপা পোকপা আরামনা য়েলপা মরমতি খৈরোই চীঙচেৎ মারাই খামপা খামলংক, পুমনা চলনা কাইকানাকে।

ৱুমু শুলতি পুঙ্কাই খেলকাইনা পোকপা খমলচা মাইবা সুম্পানা য়েল্পা। মরমতি রমপাল্ খোইরোমপাল লইমোই চাকোই পালকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

ৱোক্ক্রলপাতি মোইরেংচমনা পোকপা মোইরাংথেমনা য়েলপা, মরমতি ককলও তাংথোংকা, সিঙথা লইথোইকা পুম্না চলনা কাইকানাকে।

কইক্রলপাতি নোংনমনা পোকপা কোঙ্পমনা য়েলপা মরমতি থোং থোঙ্ঙাপুরম মারোংমাকোলচা সলহৈপা কাইপুরমপু পুম্না চলনা কাইকানাকে।

য়িরাং লাংবতি চিরোমনা পোকপা, খাকোকপম্না য়েলবা, মরমতি কেকে মোইবাং নুঙ্পীরাওরা, চামলৌ লাফাকোল, হাওতক সল্পল্ য়াকা পুমনা চলনা কাইকানাকে।

খুহৈ পাতি তিনপীচমনা পোকপা ময়াংলম্পম্না য়েলপা। মরমতি চীমইরোং য়াঙ্ঙম্থেল্ অমৈ ৱাংপীকম্ কনপোং য়েলকোইতাকা পুম্না চল্না কাইকানাকে।

সিলনাইপাতি লাইরেচমনা পোকপা, তোকপারম্না য়েলপা। মরমতি য়িতাককা, লাংয়মকা, লমসেল হিতাথেলকা পুমনা চলনা কাইকানাকে।

থাঙসাবাতি চেংলৈপম্না পোকপা, মোইরাংথেমনা য়েলবা। মরমতি লমলেল স্নায়াল চেংলই লান্নাংয়িকা পুম্না চলনা কাই-কানাকে।

ফিসাবাতি থোঙপমনা পোক।।, তোলচমনা য়েলবা। মরমতি পুম্লেল হানস সরিক কোল্‌গিল্ কাঙোং কারৈগীঙ্, তোকপা য়েলফে চীঙ থুনুতাকা পুম্না চল্‌না কাইকানাকে॥ পুঙ তি অহিং পুএ॥ গুরু পাখংপা ফমনা তোকলেল লিসিঙ্ পালপাকা মধকৃতা লাইকী লম্‌তি য়াহিপ্‌পুই।

য়াইসাকুল্‌তা লম লাখা ১৯ লিসিং ৪. চা ৪, য়ুথক ২ নে॥ ব্রাংখৈতা লমলাখা ১৯ লিসিঙ্ ৪ চা ৪ য়ুথক ২ নে॥ সাকৈ ৪না পুইয়ে॥ লৈলোলনা ৯. নোংলোল্‌না ৯. লাংয়েল্ ৯ অসিনে॥ সললাইনা য়ুথক ১।১।১ পুইএ॥ লইরোলকী নুমিৎ সিঙ্‌থিতি, পুঙ্‌থি, খেলথিনা থিএ॥ মইগিকোকাগো গোককাই কৌএ।

খঙ–ও॥ পুঙ্ ৩২ নে. নোংখোলপনে। ১৬ পুঙ তি থোংথিল পুএ॥ ক্রু পাখংবা লম্‌তি খুরাইতা লম্ লাখা ১৯ লিসিঙ্ ৪ চা ৪ য়ুথক ২নি॥ খ্বাইতা লম লাখা ১৯ লিসিং ৪ চা ৪ য়ুথক ২ অসিনে॥ য়ুথক ৪ অসিতি নোংখিলনে। নোংলোন কৌএ। নোংলোল্ ৯, লাইরোল্ ৯, লাংয়েন ৯, সললাই ৯ অসিনে॥ সললাই ৭ মা পুএ॥ সাকৈ ৪ মানা য়ুথক ১।১।১ পুএ॥ নোংলোল্‌কী সিঙপী সিঙ থাত পুঙলৈ খেললৈনা থিএ। গোকো কাগো কোক্‌কাইনে॥ খঙ্‌ও॥

পুখ্রলপা অহল্‌লুপ, থাঙসা হলপা অহললুপ, হিচাহনপা অহল্‌লুপ, থাঙস্থ হল্‌পা অহললুপ, ব্রোকক্রল হলপা অহল্‌লুপ

অসৈপা হলপা অহললুপ হিয়াংলোই হলচাবা অহললুপ। সংলেল লাকপানে, লৈচোল লাকপা, তেনস্থ হলবা, খুরাইলাকপা, খ্বাইলাক্‌প, লম্‌মই লাক্‌পা, খুল্‌তোং হল্‌বা, লাইরেল্‌ লাক্‌পা॥

নোংথোল্‌বা নাহালুপ্‌, খুৎহৈবা হল্‌পা নাহালুপ, কোন্‌সা-হল্‌পা নাহালুপ, কইক্রুল হল্‌পা নাহারুপ, নাকুপ্‌পা হল্‌বা নাহারুপ, নাকপ্‌পা লাক্‌পা নাহারুপ, মিরাংলাঙবা হলচাবা নাহারুপ, চোঙ খান্‌ হল্‌চাপা নাহারুপ, সংলেন লাকপানে, হুই-ত্রোল্‌ হন্‌বা, ফিসাবা হলবা, নাইখুরাকপা, নাংফারাকপা, ব্রাংখৈলাকপা, য়াইসাকুল লাকপা, হুইরোই হল্‌চাবা, ব্রুমু খুললাকপা, স্থুঙ্‌স্থ হল্‌লা, য়িমিংলোই হলাসবা। অসিনে খঙও॥

হৌচিক্‌তি লৈমারেল ফম্‌ খঙ্‌নাবা হাইকে॥ পুখ্রল হিতং, খ্বাই হিতং হিয়াঙলোই হিতং, সঙলেন হিতং, য়িসাঙলোই হিতং, ফমথকচা হিতং, লমমই হিতং, য়েলএল হিতং, লৈচোন হিতং, খুলতোং হিতং, ॥ ১০ ॥ ব্রোকক্রম হিতং, য়িরাঙ্‌ হিতং, সিলনাইপা হিতং, কোনসা হিতং, হিচাবা হিতং, ফিচাবা হিতং॥ ১৬ ॥ নোং-থোল হিতা, ব্রাংখৈ হিতং, য়াইসাকুল হিতং, চোঙখাল হিতং, সঙলেল্‌ হিতং, নাইখুহিতং, য়িমিংলোই হিতং, ব্রুম হিতং, হুইত্রোল হিতং, ক্রেইকল হিতং॥ ১০ ॥ নাকপক হিতং নাইফা হিতং, থাঙসা হিতং, খুৎহৈবা হিতং, তাহৈপা হিতং, হুইরোই হিতং॥ ১৬ ॥ স্থঙ নাইবনে।

মাঙতাতি অমেৎপা হলচাবা, মোইফেংবা হলচবা ২ মাতি সংলেল লাকপাপা ৩মানা সিলহৌএ॥ লাইয়িংথৌ মুঙ্‌রাম্বনা লুপা

শ্না মুহোর ২০০ লাইয়িংথৌ পাখংবতা কৎতুনা সগুলেল লাক্‌পাপু লৌখৎলমএ ॥ খগুও ॥

ফমথৌ অহলপাতি অহললুপ লাকপা, লাইফম লাকপা, নাহারুপ লাকপা খাফম লাকপা, থাঙসুহনপা তেনসুহনপা সিগু (সু হলপা অচ্‌ৗলপা অচ্‌ৗলপী সঙখু সগুলাকপা ৪ যৈতৈ হিতং অসিতি ফমথৌ অপাল্‌পা কৌএ ॥ অসেংবা মোইফেংপা ২মাসু অপাল্‌পা কৌ কৌখরে। খুরাইলাকপাতি অঙোমগী ফমনে খগু ও ॥

হৌচিকতি কংলা ফম্‌পাল্‌ চাকচানা পাকী ব্রাপু খংনাপা হাইকে ॥ লমমই লাকপানা মই পালনাএ ॥ য়েলত্রেল হল্পনা য়েলসাং মরম পাল-নাএ। ব্রুমু খুল্‌লকাক্‌পানা ঙানু, খুনু ব্রুচেক্‌কী মথৈ থায়ে পালনাএ। ব্রোকক্রলপানা ব্রোক থাত্র ব্রোক পালনাএ। য়িরাঙ্‌নাকপানা য়িসিং পালনাএ। লইচোল লাকপানা লইপাক ফৎতা থোথি, ব্রাইতেপা পালনাএ ॥ হুইত্রোলপানা লানমী সামি হুইত্রুল তেলকাপএ ॥ তেনতোঙ য়াইপুএ ॥ নাইফা ককৃপানা নাইপী সলপী পানএ ॥ হুইরোলু হলবানা হুইরি (ল) খৎলে, হুইপৈ য়েংএ, হুই পালনাএ ॥ সিলনাই হলপানা লাঙমৈ পুঙ্‌লেল্‌ লৈরেন লৈচাও পালনাএ ॥ থাঙসাহলপানা মথুল কোনথোঙ য়াইনে, খাবৈ চেগপ, য়োৎসাপী থাত্র, পালনাএ ॥ কোলসাহলপানা লোললুথক খুসি নাসি, থারাক চোমমাই, পারৈ খুতোল, সায়েং তাল্‌চপ্‌, থাএ, পাননাএ ॥ হিচা হল্‌পানা ফালসাং লৈমাই থাএ, পাননাএ ॥ ফিসাহলপানা মাইমু তোমসোল, ফিরেল কৈসা, ফিঙাঙ্‌ ফৈচোম, ফিয়াই নিঙখম্‌, লংতোম ফি, ফিরেল, ফুরিৎ য়ারোঙ, ফানিক, কাত্রা লংকানক,

খৌচোন ফুরিৎ, ফিরেল কানক, লমথাং সারোঙ, ফিমু খারোন, কাব্রং খ্বাঙনপ, থাপাক ভৈথোম, থাএ পালনাএ ॥ অহৈবা হলবানা খোঙ্হামসেল, খুচাই, তেংকোৎ, পুখম সেলপুঙ, সেলমল, নাতি থাএ ॥ খুৎহৈপা হলচাপানা মোলপাক নায়ে ॥ কংলা ফাল্লুপতি অসিনে ॥ মেরা সলতুপাস্থুঙ্ অসিনে খঙ-ও ॥

লাই ফম্সুপ ৬ মানে, নিংথৌ পোংবা ১০ মানে, লাইয়িংথৌপু কোইতুনা পোহরই নুব্রাতেম, ব্রাংঙম চিকলেম হাইনা কংলা ফমতোং ব্রাতি অসিনে, খঙ্–ও ॥ কংলা ফমপাল কাপামৈপু মাতাইরেম লইন্নুং থারো অসৈবা মোহকাই থাপুরিশা থাবানা ঙঙ্সিনাবা ঙাংঙাঙ্রাওনা তগুস্থুবা. খানিং লোনচা পুঙতোহবা খাবা লাংখাশা তাওরোই পুঙ্লেলকা অসে পল্মাবানা তুবা য়োইনোংতা নোংনা লাইরেল পাখংপাকী তুপী মতিক্সক্, লাইরেন মঙন্থা, মতাইরেম য়োইরেল লাইয়াম হলবানা য়িপুরাৎ য়িসোংসা মতাইরেম খোইয়োম মাইবা হলবানা খোইয়োম লাইচুপসা, ক্রু মাইচৌ ৩ মানা নিংথৌ য়াইবী থব্রাই ৫ মাপু লেঙহালাতা, মিরেল ৬ মাপু চোইহালতা নিংথৌ ফাল্তোঙ্ চুপলেল হুইকা ওইনা লাইনিং পরম্ কাইতা. মতাইরেম্ অসাং অসাম্ পুম্না তুপী খোঙহামবা, মাইতারাবাতা, খোইয়ম্ লাইমক মাল, চীঙ্ঙু নাঙল চাওরাবাকা মতাইরেম তাঙ্–খোঙ্ তেনকোন সাহলবানা তুপী চীরেল্ লাংলেল লোল্লৈ লুথক্, লাংমৈ পুঙলেল, খোসি নাসি পোৎলোই পুমনামাপু য়োইনা খুথোল কৎ, লাইরেল কোকফম লুমাইহেল খোইয়ম লাইসক সংসঙথোক, মাললেম লৈপাক লৈমাপুঙ, সিলনাই নানিরোঙ্পানা লইরেল লৈচাওলৈবু য়োইমা খুতোল কৎ খোইমোম্ কোক্ফম লুফাংহেন,

লইমারেল্ লহৈসক চঙখোললে ॥ মতাইরেম চরৈ ফিসাহলপানা চৈরৈ ফিসিঙ স্নুনা য়োইনা খুতোল কৎলাবাকা লাইরেল মইত্তিং-ঙুতি লাংসঙ সঙলাংমৈতা চারৈ ফিসেৎ মাতোল লোম, মালেম্ লৈপাক লৈমাস্নুঙ চৈরৈ মথন তৈ ফিরেন নম্নাকনা থপাক ঙৈথোমনা, সমচি হুক্তুংথাংনা খোংলি খাঙ্ফম লাক, খুসি নাসি পারৈ খুতোপ, মসিঙ্স্নুনা ফিসেৎ লৈতেং মতোল লোমলাবাকা খোইমোই লাইসক চঙখোল্লাপাকা তোলাই লেংচাওথকতা তুপী খাচিকনা, খোইয়ম খাপাংননা ফমফমলাবাকা মাতাইরেম্ হেবু পুখ্রল নোংথোল ২ মানা লাইরেল থাংচপননা চপথাঙ্ য়াইরোঙ্ ফান, মইপুল হাইচাও থাল, তায়িম চোঙ্খাল হলবানা চোঙলেল্ য়িলচমখল। খোইয়ম হিয়াঙ লোই হলবানা লম্লেল্ হিরিচং, তয়ম লৈরোং ফমপানা সিঙলেল্ লৈরাল্এ ॥ তায়িম্ য়াৎনু তান-তৌরিপানা য়াংনু লৈপু্ কৎ, অমাইবা অমাইবীনা খোইয়ম মতিকসক তুপী মাঙল্ থা, মুংপাল্ তোইপী চামপানা থোঙলেল লমপাও-রাক কাসা পাওতাও চীপু্ চিনপাল তারি খোঙ, থরাওচী থিনকামনানা পুঙতোইরে। সিংকা, নাগানা, তওত্রি পাসি, নিংথৌ পোৎলোই মসিঙ্স্নুনা তুপী খোঙসাল্লকলে ॥ লাইরেল মচৎলমপু কাখৎলকলে। কংলই লমমাথা পোইরৈ হইনৌ থোঙপুলাল, কংলই য়িম্চি ফৈ খোইয়ম তেলকইখা, মেলখোমবা লৈনামুং য়োইরেল মঙ্য়াথি পানবা খুৎকুম্সঙ্, কৈরেল খাঙ্লেল্ সঙ্পু য়েৎওইনানা, অরোইপা কোরৌ নোংতাইফম, অরুপপা মাললেম্ লইতাইফম, মালং নোংহুম্সঙ্পু ওইরম নাতৈনানা, নিংথৌ য়াংফাথোঙ থোঙলেল,

সামুথোঙ, তুপী মচৎলম· লাইরেল, মাকারম লাল্ লিসিঙ, তামু চানেৎলমপু কাখৎলকলে। কংলৈ মেক্রুচীঙপু য়েৎওইনানা খু স্না খুয়াখাতা স্না ফৈনা তুপ, লুপা য়ুংনা থাইনা পুলসি লইনিনা য়োইনা পুরুমলাপাকা লাইরেল মইতিংঙুতি মিকৌ লমলেল্ কারকলে। মাতাইরেম [illegible] লাল লাওপানা লাল লাওএ॥ পুঙক্রোই নোংথোল্ লালহোইপানা লালহোইএ॥ ক্রুখুফমলেল্তা লুপা কোলহুলতম্ স্না [illegible] তম্না পুলসি লৈনিরমলাপাকা ব্রোকসঙ য়েৎওইনানা পুরু-মলাপাকা লাইরেল মৈতিংঙুতি কংলা য়েৎওই কোইনা কংলই পুঙমায়োল, ময়াইমুপতোংপা, লাংকোই সারোকপুঙ, তিঙঙি ব্রাফোংলাক, লাবা নোংলইফম কংলা থোন ৭ থোনলাংমৈ মিরেল তোংমুরাবাচীঙ লাঙসঙ চীঙ মঙনতা ফমফমলাপাকা কংলায়াই-পুঙথিল, ব্রাংলেল পুঙখৎ তৈ, ৭ সেলফাংয়ৈ, সেলপুঙ খোন্চেল্ মানিল নাই, সিংগরা খোনচেল ব্রাংনা খোং, তৌত্রি থিকামনা; পেনাবা তৈ মাতাইরেম অসৈ পল্মাবা লাইরেল কোনলোই মিংলেন্-হুল্, লাইরেল ব্লুপী য়িচিক হুলনা ফমফমথিএ॥

অঙোম নিংথৌনে। কংলা ফাললুপতি। পুঙক্রাই পুখ্রলপা। খাই-রাকপা। সঙলেল্ লাকপা। হিয়াংলোই হলচাপা। মাইচৌ। য়িমাঙ-লোই হলচাপা। ফমথকচাবা। লম লাকপা। য়েনত্রেল হলবা। মাইবা হলপা। অসৈপা হলবা। লৈচোন লাকপা। ব্রোক্ক্রল্ হলপা। খুলতোং হলবা য়িরাৎ লাঙপা। সিলনাইহনপা। কোনসাহনপা। ফিসাবা হলপা। হিচাবা হলপা। ১৬মা অসিনে। হিতংফমলুপ ১৬মানে। হেপু নোংথোল পা। য়াইসাকুল লাকপা ব্রাংখৈরাকপা মাইচৌ। সঙলেল। চোঙখানবা

হলচাম্না । য়িমিঙ্লোই হলপা। নাইখুরাকপা॥ হুমু খুললাকপা। হুইত্রোল হলপা। য়োইরেলহলপা। কেক্রুস হল্পা। নাপক্ লারুপা। ১৬মা অসিনে। হিতং ফম্লুপ ১৬নে। স্থপনা ৬৪নে॥ অমসুঙ্ খঙনাপা হাইকে॥ মিয়োই ৬মানে. অঙোমচন, পুখ্রলচন. নোংথোলনে, ৯মা অসিতি কংলা লাইফমথৌ কৌএ॥ ৯ অমানা নিংথৌ পোংবা কৌএ॥ ৯ মানা থুনফাংথৌ কৌএ॥ ৯ অমানা নাইফমথৌ কৌএ॥

থাঅং থাপা নিথৌ ১০ মানে॥ য়িরেম থাপা নিংথৌ ১০ মানে। ১০ তলবা থাবা নিংথৌ ১০ মানে। লোকয়া থাপা নিথৌ ১০ মানে। ফক্য়াই থাপা নিংথৌ ১০ মানে। স্থপনা তিলদা পাকা ৬৪ নে খঙ-ও॥

—(০×)

# কংলা হাওবা

তাইবংপানবগী মপু খুরুমা কংলোঞোন্‌বু ইজররক্কে। কাইস্সিংঙেই পাথংবগী কংলাগী রাইসিং অমসিং খুদুপ হায়-রক্কে। মিৎ নাহা অমুবা অদুগী ম [illegible] খুদুপ ওই। খুদুপ ৪ মনা উখুন্‌ ওই। উখুন লৈতংদি খুদুপ ৭। ময়াই কদি খুদুপ ১২ নে। কা ২মদি খুদুপ৮/৮ নে ॥ কংলা মক্কে খুদুপ ২৩ নে॥ মখুংদি খুদুপ ৩২ নে থওও ॥ খুমথি-দি ৮ নে ॥ রাংব্রেন্‌নে॥ ১না কৌব্রক্‌'ম। ১মা খাংজিংনে। ১না মার্জিংনে ॥ ১না অতিয়া সিদবনে॥ ১না অক্তিংকোক সিদবানে। ১না কোন্‌জিন্‌ তিংথোকপনে। ১না অসিব নে। ৮মা অসিনে ॥ নোংপোক য়েৎ থংকদি অতিয়ানে। ওইথংবদি অক্তিংকোক্‌নে। নোংচুপ য়েৎথংবদি অসিবনে। ওইথংবদি কোঞ্জিন তিংথোকপানে। নোংপোক খাচিথেকতি রাংব্রেনে। খা নোংচুপ চিথেক'ত থাংজিংনে। অরাং নোং-পোক্‌ চিথেক্‌তি মার্জিংনে। অরাং নোংচুপ চিথেকতি কৌ-ব্রুনে অতিয়া মমিংদা ওঁ স্না পঙিংথমু জৈথাং কৌএ। অক্তিং-কোক্‌ মমিংদি ঞিং ওঁ লৈহিংঙাও কৌএ। অসিবা মমিংদি ও হে মৈচিংসুং সনা তুরিকপা কৌএ। কোঞ্জিন তিংথোকপা

মমিংদি ওইনোংয়াং তরং ফাবা চাতেং চাপাও কৌই। খাংব্রেন মমিংদি অং অঃ হাং হো কুপ কৌই। কৌবরু মমিংদি ও নক্ জিং কংলি সাংদে থোইনিক্পা হোংলে কৌই।

অতৈ মুম্বী অম্মাম্বদি মমিং লৈতে। মাগী মাগী মমিং অসি সোন্দুনা উখুল্ উখুন্দা সনা লুপা হৈনা হাপ্তুনা থৌও। হৌও। কংলা অদুগী মমিং সনা মনিক্ লৈতা হিংসনা নোং কৌই। কংলাগী মুম্বীত্রেংদি চিং হৈকুন হিংথাংদা হৌবা উনে। ২মামা য়ুংগ। থাংলবু খাংলেন্দি কাইরি-বোক্তা হৌবা উ খোকমা ওইও। উরাহুমদাংদি লোক্-তাক্ করাংগী ম্রামা ওইও। য়ি কুম্পদি লংমাইজিংদা থৌবা-চরোহনা কুপও। থাদি থব্রানখা। মাকমৈদি ১২ পানবা নিং-থৌকাবগী নুমিৎয়ুংগদবা পুও্ ২ নুংঙলিতে ওহুংচা হ্ংও। ম্রিরাংকী পোংয়াওদি হৈবী হৈসাং হৈত্রোই, হৈবীচুপ্, হৈথুম্ লফোইকোমপেও লউ ১, সনা লুপা কোনয়াই হুন্নলো। লাংকদবা মীদি নোংমাইজিং পোকপা মীবু তৌহ-নলো। উখুল লৈচংদি খুদুপ ৬/৬ কাপ ১ লাংহল্লো। যাত্রা উখুল্ লৈচংদি খুদুপ ৪ কাপ ৩ তম্ও। লাইমিংদি। চকপা ওম্বা হেৎ২ চিক চিক্ চেংচং অসি সোঙ্লো। মমা সিনথীগী মচা তৌহল্লো। থাংজা পোকপা মীসুং তৌহল্লো। পল্লিং থাবদি মমিং উংহা হা হৈ হাইনা সোল্লো। চেৎমা তৌও। মা অসিদি নিংথৌগী থৌম্রাইমচিংবা অম্মাম্বা

খৈবিক্কী খৌরাইপী লৈচংনে। পুরসি লমদাং সাংনে খংঙ।

অত্যা যাত্রাবোল হাই অসুম কংসা সাইএ। মসিগী মতুংদা লাইসানানা খুইয়োই তোমপোক, নোংমোইন্নুনা তাওথিংমাং, হওয়্খুনা খুইনিংঙোনবা হাওনুরলনা পেংসিবা; লোই তাংখুনা কাওথংবা লোইতোংহলনা নাওথম্বা য়াওরে-বা চন্নুনা নাওফংবা। মৈ দংঙু নাওফংবগী হাক্তক্তা নোংচুপ লমগ। পাওল মুসলমানগী গুরু ১ থোরক্কুনা নিংথৌনা চিংবা লৈপাক অপুম্বনা মাগী রাম্লেল ইন্না লাইনিং লমচৎ ওল্ল। সিল্লগা সাংফুম ফুমলে। ন মুংসাবু সেংহল্লে। পুসা পাসা হাইনা হৌহল্লে। অমস্তুং নাহানবোং য়াওরে মসা-বীগা খুনকাম মসানৌগা ২মানা কংলে লমদাইবদা সামুক্কা নোংগৌবীগা মুকসনগা ৩মাবু ন মুংসা কৌই। ১সুং লাই-৩মানা লৈপাক অচৌববু পিকহনগে অপিসাবু চাওহনগে হাইবগী মুসলমানগুরুনা লমচৎ তোৎনা য়াম্না তৌহনববু লাইরেল নাওফংবগী লমচৎ লাইমিং অচেৎপাবু য়েখাই ৩মদনা লৈরিঙৈদা অতিয়া গুরু সিদবনা থৌজালবীদুম্বা নুংবাল অসাংবমদা চহি ৯৩গী মতমদা গুরুনা মমিং লাইবা কৌনা পোক্লরে। লাই ১না মাগী পজল ওইনবা অরাম পাম্বগী মায়িমদা ওকলেল লাবা খারোনবা থিংলৌ পজনবনা নমিং পুকচাও কৌবা ৯সুং পোকএ। অদু মতুংদা গুরু মুসলমান্না নিংথৌ নাওফংবগা কংলা য়ুমজাও

হৌবদা পরিং উথুম লানববু কনাগুম্বা অমত্তনা থংবা হৈবা মৈতরবগী লাম্না খংদ্রববু। নিংথৌগী য়াইফাবনা গুরু লাইবনা লৈপাক অপুম্বগী মমাংদা হাইরকলে। হে লাইয়িংথৌ ও। হৃদক হৌবা কংলা য়ুমজাও অসিদি পরিং উথুন লাল্লে। নবুধৌগী থিগাং সোক্লল হ'ইরবদা গুরু মুসল মানবু নিথৌনা কৌদনা হায়রএ। গুরু নাহাকনা হৌবা কংলা অসিদি পারিং কারস সোইরে হাইএ। করম সেমসিবা হাইরু রুদা। লাইবগী মমাংদা অশাঙবগা লোইননা থুমকএ। হাই-রিবা অসিদো কনানা হাইবনো, লাল্লি হাইবা থুদম অমতা উহললো। অদু নত্তনা "লৈকাই ফৌসু খোম্না থুৎপোকপা নোংসা মনমদনা নমপোকপা তৌগুনা হে নিংথৌও"। নাহনা মাইবা সাবা মংথনবনে। অসুম হাইবা মুসলমা-নগী য়াথংদো ঈসিংগা থাওগা য়াম্নবগুম লৌ মপু য়োংনা তানবগুম। সেহৌবনা পেনা খোংব', বা:মান নত্তনা লুগুন থাংবা সৈপুংনা সনসাবা খোংদবা তুগুম্নবু নিংথৌনাচিংবা লৈপাক পুম্নমক্কা মুসলমানগী য়াবু য়ানিংদরে।

অদু মতুংদা লাইরেল নাওফংবনা হাইরকএ। হে লাইবাও। এগী সজাঙৈনা সোইবা অসিবু নও খঙবারা। লাই কনানা হাইবানো। নংসুং লৈকাই কদাইদা লৈবনো। নয়ুম সাগৈসু করি কৌবনো হাইনা হংলবদা লাইবনা থুমএ। এদি হে নিংথৌ নংগী অরেগা নবুধৌ পাথংবগী

খোইমা যনা লৈপাক মরা চেংনবা, ইমিং লাইবা কোনা
পোকপাবনে। ঐনা হাইবা থাজব্রবদি খুদিন করম্না উৎলো
চাইবনো হাইরিঙেদা ঈনা উখুন-পুম্মাবু। পেরেংগুম
কাপথংলকনে। নিংথৌসুং লৈপাক পুম্মকসুং ওকনে।
নিংথৌনা হাইএ। হে লাইবাও নংনা হাইবা অসিবু ঐ
য়রে। পারিং লাংসং অমরক হুন্দুনা চৌখিরো। গুরু
লাইবনা হাইএ। ঐবু সেমচো হাইরবদি উ-বা অপুম্বা
ফুংক্রু তুনা লে তাক্তা হুন্দুনা চীঙ্ মমিং নাইবদা হৌরিবা
উ মমিং নাইবসিংবু লৌরুদুনা উরেপ চারা ওইগনি।
স্নাত্রাদি চিংথাংদগী উনা ওইগনি। যাত্রা মথংদি ব্রাংব্রে-
ন্দগী উনা খিনগনি। উপাদি পিচুমদগী হৌবা তুমিংলা
উনিংথৌনা খিবগনি। মথংদি লাংজিংদগী হৌবা উ লাংনে।
উপাদি চিংথাং তাইমারেংনা পাগন। উখোকতেতদি
হেবোক্তগী উনায়ুংও। ঈদি লংমাইজিংগী চারোংনা ওইও।

বুরা হুমদাংদি খাঙ্গা কারাঙ্গগী বনা রোইও। সনা-
মুখীদি থাঙ্জিংদগী উনা রোইও। খংচেংদি লাংগোন্দগী
উনা ওইও। মাইকৈ ৪মদি লৈকাই ৪দগী উনা রোইও।
অসুম হাইরবদা নিংথৌনা হাঙ্গএ। হে লাইব নংনা থোকপা
তৌবিরো হাইরবদা গুরু লাবইনা হাইএ। হে নিংথৌ অথো-
ইবা ও। পুরিং রাগুনো নবুধৌ পাখংবনা খৌজাম লেপ্পা
কুপ্বিগদবনে। তৌইগুম্বসুং নবুধৌগী খুদিন ঈ হাদোকলিবা

অসিদো ল ইবা ইতোমতবা ওমরোইএ। ঐগা শোকমিগ্ন-কপা ঐগী ইপাং অমা লৈরি। অরাম্পাম্বগী য়ুম্দা মরাইবক তাংবা মাংলাংবা মখোং ৪ টাংবা মবুক্ লাংবা মমিংদি পুক্চাও কৌবা লৈবনে। মাবু কৌরকল্লুও। হাইরবদা নিংথৌসেনবা চৎথিদুনা হাগরুইএ। অরাম পাম্বনা হার-ইকএ। পুক্চাও অসিবু নুংকান ইপু লাইদা কওনা থৌনি তাইসিঙ্ক লিংববু নিংথৌগা সাথংনা নিরবনা হায়ে হেনফদরে। হে অপোকপা লাইও। অরানবা ওাকপীও। হাইদুনা নুঙবান ওকসঙনুঙগী হোইদোকল্লুববু নিঙথৌ মথিনাই ওকলেন্স মরাং হৌরম্ববগী অরাম্বম হোঙবন-চিঙবা নিংথৌ মথিনাই ওকলেল মরাং হৌরম্ববগী অরাম্বম হোংবনচিংবা নিংথৌ সেনবা ৭ মকসুং থবাই গিরেন্স পাইনা লাইরেল নাওফংবদা রাকৎচখিএ। ননাই ঐথোয়বু পুকচাও কৌথোকলুববু য়াদরে। হাইরবদা লাইরেনা হাইএ। হে নিংথৌও ঐবু উদবগী য়াদবনে লাইবা ঐহাক চত্তুনা কৌরুগে হাইদুনা অরাম পাম্বগা লোইননা গুরু লাইবনা লাক্তোন অমদা চেংবুমনে তিংথৌ মাপাম ১৫ নে কোনম্লাই হাপতুনা পুকচাওগী মমাংদা থারুরে। অদুগা গুরুনা হাইএ। হে পুকচাও ও ইবিংঙানা পোকলপাবু লাইরেল নাও-ফংবগীদমক পোকলকপনে সংনা নিংসিংও, চৎসে ২ হাই-রুবদা পুকচাও থারোনবদি লাইবা মসক উরবগী নুংবান

ওকসংনুং থোরহজ্না লাইরগা হোংবা ২মাগা লোইন-দুনা সনাই য়োইকোনুংদা চংলকলে। লাইবনা হাইএ হে চাইথিংথৌও ঐখোয় ৬গনা অরাল অহুই খিবি-কপু সেংদোক্লগে। লাইরেন নাওফংবাও নবুক ঋারগুমো।' পুক্চাও অসিগী মতম ঋাহৌরি। ওকসং লইনা সানা থমখিসে। 'খুরাই য়াইরুংবনা লৈথরক্লবা, ঋাংখে কৈদুবনা তুথরক্লবা, খাই হরা বনা লৈথরক্লবা, য়াইস্কুল য়াই-চাবনা চাসিনখিরবদা নোংয়াই মতম্দা ঐখোয় ও মনে নিংথৌ নংসুং য়াওনা নবুধৌগী মরেক মহাও মচুম অয়াঙবু হায়া সেংতেকখিগনি হাইনা পুক্চাওবু ওকসং হাদুনা হমলে। তদুগা নুমিৎ মতম চাহবদা পুক্চাও হো-কলে। হোংবনা ওকলে। লাইরেন নাওফংবগা গুরুগা ২মাদি থাঋাং লেপলে। পুক্চাওদি থিংলৌ মথিনাই ওকসেন মরাং হৌনা উখুল খুদিংগী পেরে মতমগুম কাম-লিবা খিবিকপু লৈতেম মান্না লেকথোকতুনা সেমহৌরে। অদুগা গুরু লাইবনা উরেন য়াই ৭ গুববু লৈচঙ খুদুপ ৯ চঙনা থংজি যাত্রারেন অহানবদা উ হৌরে। মতৌ ঋসুম্তৌনা লৈপাক ঋারগদববু নুংঙাইরে।

অদু মতুংদা কাইরেমামা সামেরাং লাইরেমনা কোন-থৌবা থাবরোম্না নাওথিংখোং। লাইনিংথৌ নাওথিংখোংগী হাওক্তা মঙাং গুরুগী খুয়াদা থৌগনচল্লে। নিংথৌ পুকনিং

অরণপাবু উরদুনা গুরু অ:খাইবনা হাইখিরে। হে নিংথৌ নংনা পাম্বা ব্রাবু হাইরো ঐ থু'হনংগ হাইরবদা লাই-রেল নাওখিংখোনা মমিত্তা মপি তানা হাইজএ। হে গুরু ঐখোই মীওইবগী থরাই হকচাং অসিনা করম লানগবা তাকপীও হাইজরবদা মওাং গুরুনা তারুকএ। হে নিংথৌ য়াইফাবাও। ওকস: সাবা অসিদা লাংবচক হাক্তা অসিদদি লাইগুরুবু সং স'ন' ফংনবদি ওম্‌লোই। চিং-লোন সিদববু হেন্না লাএবা অমা লৈ:ত। লাইগুরু মহাক্তি মী মরু, মহেন, মী মচং-থরায় চংখোনবা অসিদা লৈরে। তৌইগুম্মসুং ল মফমবু মাপা খিবিক্তা হ ইর ক্র। লাইগুরু হাইবদি অতিংওঃ মসকনাইদবা নোংথাং কুন্না চুমিথাং-থনবা মতমগুম মরোন ২ না.ত মনুং সেনবগী মখুংদা লৈবদো নিংজগদবা লাইরি অমুন। মনিংদি অমনাৎ সন-নাৎ কৌএ। মহাক কৌবা লাইদি অদুনে। য়েংদনসুং নিংদন-সুং তত্তনা টবা ওমদে। স্বর হোন্দোক হোনজিন ২মাবু, খংন-মক ফাওবা ওমহন্দে। অরেপ্পদি হোন্দোকাখবা খুদোল ২। দা, অতিংওাদা লংনা য়ানদুনা লৈরানে। মহাক অদু ফংলবদি পুক্নিং লেপ্পা হ র স ময়েক ওমাবু মীম মকোক ওননা ৩রক সোল্লো গুরুগী মসক ফাওবনে। অহিং মা মী চিক্রুবদা তৌও। অসিবু হৌজিকনা সান্নজৌও। হয়েং মতমদা লমজাও চৎপগুম হোবনে। স্বর নিংনা খৌদোমবু

ফাবা ওয়বা পান্‌দম ১ হাইগে। পুক্লিং তপ্না তাও। মৈগী মমিংদি তাংদু হি লিকও খোইচেংলাবা মৈকামও ব্রহ্মনং চাকও। ঈসিংগী মমিংদি তুমুয়াবা ইংও লৈচিক চিকলিশা নৈথম থমল্লিবা নোংসিংকী মমিংদি লৈনিও, লৈথমও থমও অসি হাইনা সোল্লো মৈ ঈসিং নেংসিং ওমা পিকপানে।

অমসু হাইগে তাঈবংপানবগী মপু গুরুনা মচা ওমাগী মতিক থংগে হাইবগীদমক সনয়্লোংখানবী মসক লৌদুনা চিরেন ৯ পাম্না ওল্লে অদুগা সিসিন্নরে। ক্রমচীং মতোন্দগী তাওথরকলে। অহনগী হিংদেন্দা থুংলে। গুরুনে হাইবা থংদবনা ইনথোক্‌লে। মাইমবগী হিংদেন্দা থুংলে। তমাসুং থংদবনা ইনথোক্লকলে। অতোনবগী হিংদেন্দা থুংলে। তোন-বনা গুরুনে হাইবা থংদুনা চিংথংল্লে। অতোনবনা গুরুগী চিরেন লাংলেন ৯মাবু ফুকতোকলে। মচি ওনা ফম্বী মক্তবা ফানখোং ওমা ওইনা সেমদনা থমলিএ। মচি ৩ অমনা মালেম লৈপাক ফানা থমলে। মচি ২না সনা তাংবন ওই-নরে। মচি ১সা ফম্বী লেংদবা মাইমরু পিদবদা পুন্দুনা থমল্লিএ। মসাদি অমাইবা অমাইবীনা মালেম লৈসি লৈরোই-সিল্লে। অদুদগী চিথেক ৪মক মাইগে ৮মক সুংসাই ১৬মক সিংথাই ৬১মক সাগে সনাই ৯মক লাংয়েম ৯মক অসি খিবি-ফপু গুরুগী মকচাংদগী থাইদোকলি। হে নাওথিংখোংও।

হৌজিক্তি কংলাগী রাবু হায়রক্লে কংলাগী ফানখোং

৮নে। লৈচংদি খুদুপ ৯নে, মেন কৌবদি গুরুংবু কৌএ। সুরুংবু তুবি পাখংবনা মথেক ৯ স'না সুরুংবু কোইনা ফানখোং ৮মাবু য়েংনা লৈবনে। মেন মনুংদা সজাই ৯ মক্কী নাওফম লৈবনে। অদুবু মেন কৌএ। রাইরেম পীন-ইদবী ৭ মকক্কী নাওফম লৈবনে। অদুবু য়াই কৌএ। অদু লৈবগী মেন কৌএ। অদুবু মেনখোম য়াইখোম কৌএ। ৯সুং নিংথৌ পানবা ৮৯ মাগী নাওফমসুং লৈবনে। অদুবু চিংখোম কৌএ। তাওরোইনাই ৭ মাগী নাওফমসু লৈবনে য়াইখোম কৌএ। অদু লৈবগী মেনবু কম্‌বাল কৌএ। হে না ওখিংখোংও হাইনা মগাং গুরুনা নাওখিংখোংদা তাকএ।

গুরুনা তাকপা মতুং ইমা নাওখিংখোংনা সংগাই য়ুমজাও সাবা হৌএ। য়ুমজাও ময়ুংদি খুদুপ ৯৯ নে। মফৈদি খুদুপ ২৪নে। থাঙেন্দি খুদুপ ১২নে লৈচংদি খুদুপ ৭ কাপলেন ৯ খুদোল ৩ মফৈনে। য়ুমলেপতি খুদুপ ১৪ কাপলেন ৯ কাইচৌ ৯ খুদোন ৩ মফৈনে খংও। সংগাই য়ুম-জাও সাবগী মরমদি অসিনে। কংলাগী য়ুম মনুংদি খুদুপ ৪২ কাপলেন ১ রাইচৌ ৯খুদো ২মফৈনে। য়ুম মফৈদি খুদুপ ২৭ রাইচৌ ১ খুদোন ৪ মফৈনে। লৈচংদি খুদুপ ৯ নে। য়ুম-লেপতি খুদুপ ৯৭ কাপলেন ১ রাইচৌ ৯ খুদোন ২ মফৈ-নে। খংলেন খুদুপ ৯৩ কাপলেন ৯ অসি খংনবা হাইরককে।

খোং অয়ুংবগী খারম খুদুপ ২৯ রাইচৌ ১ খুদোন ৪

ভুহুও অদুদা সুন লৈবনে। অয়ুংবদগী নরাংলম্, খুদুপ ২১ রাইচৌ ১ খুদোন ৪ ওনখৎলো অদুদা সুম্ লৈবনে। সুম অদুদগী নোংচুপলম খুদুপ ১৩ কাপলেন ভমও অদুদা সাইবু লাংজেনে। থাগীসুং অদুনে খংও। যুম্নী রাই ৭ খুদোন ৩ মফেনে।

হৌজিকতি খুদুপ খংনবা হাইগে। মী অপীসাগীদি রাইচৌ ১ খুদোনবীগী মফে ১ হাপপু। মী অচৌবগীদি রাই ১ তমও। অদুগা ১৬ সুনা ওংলো। অদুনা ৪ থোকনা থুপলো অদুনা খুদুপনে। লাইয়িংথৌ নাওফংবসুং অসিনে।

কাদি ৩ নে, সাইবু সেন তোপও। খংলবু ৯ ফংএ। লংমাই থা তোপও। অকুপ্পা মসাস্তম, অরংবা মমি লাক লাম্‌চা ৭ থাগা থা কোকলেন লিসিং ৯বু রাইরিপাগম কম্না অহোও্ লানয়ান সওমে।

কংলা থেন ৭ থোল্লাং মৈনে। কারেন য়াইদি খুদুপ ১৮ বাইচৌ ৯ খুদোল ৩ মফে, অম্লাং কাদি খুদুপ ১২ বাইচৌ ১ খুদোন ৯ মফে, মথা কাদি খুদুপ ৯২ রাইচৌ ৯ খুদোন ৯ মফেনে। খংও।। মীওইবনা খংনবা হাইগে হে মীও।

গুরু থোরি মাইচৌনা তৌরম্না রামে। উদি তুমিৎলা, উনিংথৌ, তাইমরেং অসিনে। হুমদাংদি লাইরা, উয়েং, উতং অসিনে। পয়াদি উনপ, উতং অসিনে। ইদি চরোং

ইমোম অসিনে। অসিগী মতুংদা খুমসুরোলনা থোঙতেকচা পুচো:রন চনুনা কোইরেনচা লোইচাবা চনুনা য়ারাবা। লমপখুনা অয়াংবা লমপাসুনা নিংথৌচেং লমবাসুনা চেংলৈ ইপাল লানথাবা। লম্বাসুনা য়াংলৌ কৈক্ষাবা খোংলৈমানা ইরেংবা। য়াওরেমানা লোইখম্ব। লাইয়িংথৌ লোইয়ম্বদা লাইরুপ, ভিল্লুপ লুপ ৬ মকনা সাই। গুরু কোরৌ মাইচৌ সাবসুং অসিনে। লুপ ৬ না লাইচনখিবসুং অসিতনে। থাই-বুং লাইবুং তিনবসুং অসিনে। লাইগা মীগা থাইনবসুং অসিদনে। য়ুমলেপতি খুদুগ ১৯ কাপলেন ১ ব্রাইচৌ ১ খু:দান ২ মফ্কে ব্রাংএ। অসিগী হাক্তক্তা উখুল খুদিংদা সেনগী কোম্প্তোং হুকএ। কংলা নাক্তোনসুং অসিদা তাএ। কংলা ফানসাংসুং অসি মথৈ হৌএ। কংলা ফমলুপতি নিংথৌ পোংবা ১০। লাই ৬ মনে নিংথৌথানা ৭ নে। নিংথৌ পোংবা ১০ হাইবদ লৈকাই লাকগা ৪ মনে। সংলেল লাকপা ২ মানে। সংখুবা সংলাকপা ২মানে। নাহারুপ অহললুপ ২মাগানে। মসিবু নিংথৌ পোংবা ১০ কৌএ। লাইরুপ ৯ মদি মাইবরেল ৫ মানে। অসিবনে। আত্যানে পাথংবনে, লাইস্নানে ৯মা অসিনে থংও। হে মীও।

সুমলৈমানা লোইতেংবা, সংলৈমানা ইরানথাবা খুরো-ইওম্বীমা থরান থাবা, লাইয়িংথৌ থরান থাবদা গুরু সোনবা মাইচৌনা সারমএ। মাত্রাতি উরাং ওইএ। ব্রাইনা চাওযে। লৈচংদি খুদুপ ৩ তনে খংও। ফানথোং

৪ মদা চিংলাই ৪ লিরৈংলে। তৌভাইওম্নীনা চিংথাং লান-থাবা। নিংথৌ পেলপীনা খুমোমবা ময়াংগী ওম্নীনা মেঃইরাম্বা খুযম্থম্নীনা থংবীনাম্থাবা। ময়াও:সাম্নীনা। কোংয়াম্বা থম্বাক্না-বীনা তেলহৈবা সারেম্নীনা ভবুংবা। লমফেল ওম্নীনা পুন্সিবা লম্বাসুনা নিংথৌ:খাম্বা লিন্থোইওম্নীনা ক্যামবা। লাইম্নিংথৌ ক্যাম্বা হাকন্তা চিংসগু ব্রাই ৯ ফুইবা খুদুপ ৩০ গুবা য়াম্ল-ববু কংলা সাগে তৌবদা গুরু সাথিনা উ অসিদি সাহৈদে হাইদুনা চিংথাংদগী ঊরাং ব্রাই ৯ সুবা খুদুপ ৩১ ফুইববু য়াত্রবুনা লাইম্নিংথৌ ক্যায়না কংলা য়ুমজাও সাবদা লৈচঙ খুদুপ ১২ চংনা গুরু হিদাম মাইচৌনা হুনবদা নুংবি সেন-খোং লমখাইরে। কংবি কংজাও তাওখংলে। উথুল গুং গুং খোংলে। গুরু সাথিনে উনম মাইচৌনে নিংথৌজম কিয়াম্বনে গুরু সাকক্পানে ৪ মনা খুদুপ লাল্লে হাইদুনা যাত্রা সংতোকলে। ৪ মানা লাইনিংথৌ নবুধীগী খুদুপতি অসি নত্তে হাইদুনা ব্রাইদগী লৌদুনা খুদুপ ৯ চংনা খুদুপ ১৭ ব্রাইজৌ ৯ খুদোল ৩ ব্রাংনা কংলা য়ুমজাও হৌরে। থংও। কাদি ৯ তনে। ব্রাৎপসুং ময়াদে, থোইবসুং য়াদে কক্না লৈএ। হে মীওই। সেনবু লৈরোং সনা মথুব্রাং চেংবসুং নোং ৪না ফানখোংপুবসুং গুরু ৪ মামা হৌনা ব্রাদি অসিনে হায়না তৌরম্মে। কবোনা সেনপোৎ পুবসুং অসিদা হৌএ। হে মীওইবসা থংদবা ব্রাবু থংনবা হাইরবনে লেপ্পা থংও।

নাহারুপ নাহারুপ খারম খরাম

নাহারুপ অহ-ললুপ তিল্লে, সংসু সংলেন তিল্লে। লাংজে-সাইবু

লাংজে সাইবু লাইফম খারম তিল্লে

অহললুপ অহললুপ লাইফম লাইফম

উথুন্ন লৈচংদি খুদুপ ৬ খুবোম ১ নে খুদুপ ৭ শুবা ওইএ। লাইফমনা নোংচুপথংবা যাত্রানে। মোইরাংকাচিনগী সুমজিনে। খারমনা নোংপোক যাত্রা পাবা মৈরম সুম-জিনে। ২ মা তাল্লে। অহল্লুপনা নোংচুপ অরাং থংবা য়ুম্বীনে। কৌব্রু শুমজিনে ২মা তৌএ। নাহারুপনা নোংপোক থংবা য়ুম্বীনে। চীংখৈপৌ সুমজিলে ২ মা তৌএ। সল্লু সঙলেন্দি ১৩ নে।

মৈদিংঙু সেম্বী থাগেম্বগিসুং অসিনে।

মৈদিংঙু নোং ব্রাইরং পাইহৈবগীসুং অসিনে।



— x —

# পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

১। ঈয়েক ঈপী শকতম
২। মৈহৌরোন সান্নাই থাইবা
৩। হাওরোক কোম্নৌ লাইরেম্বী
৪। মপুথিবা
৫। থুমল মিংথৌরোল লম্বুবা
৬। থাঙমইলোন
৭। শমজ্রু অমসুং খুদম লৈবা
৮। লাইকাও
৯। লৈমারেল সুংলোন অমসুং লৈমারেল লৈচিংলোন
১০। কংলৈরোল
১১। লম্জ্রু ভাগী হৌরকফম অমসুং কেগে কংলৈরোল
১২। মৈহৌবালেন সঙ্গাই ফম্মাং
১৩। থুমখোংলোল

লাইরিক মমল রুপা ২৫

লাইরিক ফংকম :— চীং-ভম প্রেস,
উরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফাল

